# তোম্বি

# মিয়াৎ

ইজবা :-

শ্রীভাগ্য সিংহ য়েংখোইবা

য়াইস্কুল, পুলিশলেন

# কচ্চবা

## ( উৎসর্গ )

ভোল্লবা মাকপাচায় য়েনবিবা ( পিতা ) শ্রী৺ভোলোন সিংহ য়েংখোইবা মুখাই পুয়েনগী মিংদা মিয়াৎ ( উপন্যাস ) মচাসি ভগবান শ্রীম্নাবহীগী তাংগৈ মনা থুম্না থাদা কচ্ছরি। ইবুংঙোদি বিষ্ণু'ন মাইবিরেন অমদি পম্নাম্নানি, কুরুশিদবনা ইবুঙোবু মাহাকমকনি হায়বিরমনি। টাইবংগী হকশাংমা পাথংবনি, মনাইনা কচ্চবা লৌবিও। ওঁ-হম্।

শ্রীভাগ্য য়েংখোইবা
মাইস্নম পুলিশলেন
তাং ৪। ১০। ৮১ ইং

# ৱাহৌদোক

আধুনিক মতমদা কবি অয়াবনা ৱারি মচানি হায়রুনা য়েন ভাবনা য়াম্না ইনরি। গুরুশিংনা ঈশ্বরগী মরম য়াওরবদি লাইরিক কৌবা য়াদে হায়রিরি। ঐনা নাহা ওইরিঙৈদা ঐগী পুন্সিগী মতমদা মৈতৈগী যোগী সিদ্ধপুরুষ অমতা লৈতে হায়না খুংনাংবা পোকখি; অদুবু ইং ১৯৩৯-৪০ দা সিদ্ধপুরুষ ভগবান মোইরাংথেম রামানন্দ উদাসিনবু বিষ্ণুপুরদা লৈরিঙৈদা ঐনা থেংনজখি। রামানন্দ উদাসিননসি জটানা লিংচু মৈবা থা অমগী মসুংদা অমুক্তং মসুং অচৌবা মচা চঙবা মুনিরি, কোংবদা পোকখি। চহি কয়ামুক হিমালয়দা লাই নিংলুরগ সিদ্ধ ওইরবদা মায়হৌ লাইনিংবু ভোম্নবগী মফমদা তাকপিখি মীয়ামদা থওহনজনিংহুনা লাইরিক মচা মিয়াং (Noval) অমি ইজবনি। ইতি

ভোমবা—

শ্রীভাগ্য য়েংথোইবা

মাটি কপেট কংখি, ইং ১৯৫৬ দা ইণ্ডিয়াগী best shield কংখি : ক্লাশ ( I ) ওফিসার ওইনা প্রোমোসন কংখি।

ইং ১৯৫৭ ডগী হৌনা রাজা ডুম্বু সিংহ হাইস্কুলগী কমিটিগী প্রেসিডেন্ট ওইনা চহি ১০ রোম থবক ভৌখি ইং ১৯৬০ অহুমাইদা ডি. এম. কলেজগী ৱর্কিং কমিটিগী মেম্বর ওইনা থবক ভৌখি।

ইং ১৯৬৭ ডগী হৌনা মোইরাংখোম ক্লুপী হাইস্কুলগী কমিটি মেম্বর ওইনা চহি ৪/৫ শ্রীরাজজিৎসানা সেক্রেটরী ওইবদা থবক ভৌখি

ইং ১৯৫৬ ডগী হৌনা মণিপুর সাহিত্য পরিষদকী ৱর্কিং কমিটিগী মেম্বর ওইনা থবক ভোবা হৌখি অদুগা মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা হুংশিনিবদুনা 'সাহিত্য ভুষণ' উপাধিসি ইং ২৯ । ৪ । ৭৩ দা পিরিখি।

চহি ১ গী মতমকনু সভাপতি ওইদনবিখি। চহি ৩৩ রেঞ্জ' লৈতনা কমিটিগী মেম্বর ওইনা লাক্লি। শ্রীভাগ্য সি হনা ড : ভদ্বা মতমদা শ্রীনরোথাইবম থম্বৌ কেরানী শ্রীঙাংবম শ্যামকিশোর হাইস্কুল লাকপা শ্রীঅয়েকপম মন্তো সেকুংবা হাইস্কুলদা লৈবাশিং ১মুং শ্রীকোন্থৌজম নবীন সিংহ ডিব্রুগড়দা লৈবনা মেলগী ভোংবাং পিরিখি। অদুগীদমক পন্থৌসিনা থাইবু নিংশিংজরি।

শ্রীএংখোম চন্দ্র জয়মতি
বি, এ, স্কুল ওবা
তাং ৪ । ১০ । ৮১ ইং

# বাবাজী।

শজিকফুনি। শাজিক অজো কয়াদা ম'লেম লৈমাগী সুংজাই-রবা ভম্পাক্ক, নোংদোনশাবগী সনাখিরেণ চেলবা লিক্লাই লিক্লা খোইজুম, খুঙ্গা পাঙ্গৈনা ষণশেলকম্দ ষণশেল্মহা পাখংবা কবোক খোইজুম পাঙ্গৈনা শারখিবজু নিংশিংখলি ; শীতেল্লা ওংবী, পাম্বেল-খক্ত চাউখবী তোয়োং লৈরাং কয়না ইনুং সোরা ভৈরকপদা খুমু চাইকেং হাং নাউরানা পলেমম্মা পোরিবা নাউহোংবগী লিংখোক্লগা খিক্ খিক্ নোকপগুম, শাংকাইরকলি। মাহান্-নোং নোংপোক পাখংবনা পূরুরুবা কোলোম্ম লৌ, চীংথৈ লৈমানা উর্বশী মিংলেনখোন্ হরিবৈদ' ফুঙ্গারৈ শাথি, অদুগুমবা পাখংবানা লাইপুক খেল্লাইদা ভগবান শঙ্করনা থাজগী কোজাই চিনবগুম্, নোঙাল্লমদাই শজিক্ ভনিকপী খেৎলহুনা, খাবা মরামরাইদা কে মজানখিবী মসানৌ পাম্থে ইবীন খুজেং পালোয়নবা হেনগা হেন্—নৌগা—নৌ ফুঙ্গারৈ শারকপদা (১) লৈমুরাবা চোইজাই-নভরে, লৈঙৌরাবা চী কেঙ্লকলে।

অঙকপনি! টাইবং য়াকাইরে। চেল্লানা মপূই-কোলোই তেংথ রক্লে অসিগুমবা মতমসিদা চাজিংখুন্গী পৃথ্রিচৌবগী মথাখংবা পৃথ্রিবান্দ পিকতক্লা লৈবা কে'ন্ অমদা লৈকাইগী অতাং নিপামচা

(১) লৈমুরাবা=লৈপাক মথক্ত লৈবা অমম, মোইরাং লম
লৈঙৌরাবা=অঙানবা, সৈতৈগী লম

কয়া লাক্লগা "চৌংখৈ চোংবা" সাজেন তোরি। পুখ্রি মপাল অসিমী অরাংথংবদা হৈনৌপা মা পরেং থৈবোংম্ব চৌরি, নোংচুপ-পশংবা লমে পাখি অমম্বং হৈনৌ কয়া-না অঙৌংশিংগী চ-নবা উটৈ পিরি, মখাথংবা মায়কৈদা হৈবী, পোরোই, হৈক্রু হোই নোংপোকথংবদা কেলিকোদোম্বচিংবা লৈপালশিং থাই। মফমসিবু বাজীকোন্ অমদি বাবাজীগী আশ্রম কৌনৈ। মমায় এটরম্বা মফমদা ব বাজীগী আখাড়াগা লাইশংগনা তানৃথোকই, চৌংখৈ পাংবদা পুখ্রি অচৌবগী মাকলদা বাবাজীগী খেংগ্রা শারি, থো গ্রাসিদা বাবাজীনা লেংথরগা নিতিমী পুখ্রিচৌবগী লেমনৈশিংগী মচিঙ্গাক হুনবি। শারেং অমদদি মশেংদা সনামী নাইন্—কোরিম ন অমা য়ানহিরি। বাবাজীগী লাইসং মমাংদা নিপামচাশিংনা চৌংখৈ চোংই।

চৌখৈ চোংবা,—হকশাং সাজেন মখল অমনি, মুমিৎ থোক্লুংঙৈদা হোৎনলগা রাখমা থন্দুনা পৃথিবীমী চিদাই অমদমী চিদাই অমাকাও লাম্না চোংলিবানি থন্দুনা কারন্ কারন্ চোংনৈ, থোংনীংনা নীংছু সোক্লা এন্থারাবনা চোংবগুম মতো তম্বা সজেন অসিনা অঃ ভনবা কোকহল্লি। বাজীকোন অসিদা লৈবা লম্বোই অমনা নিতামী অচাংশিং অচবু সাজেন তোহল্লি,—পোংথাবা মতমদা ধর্ম্মগী রারী লিখি, মুক্লা শায়হল্লি, থাং হায়নহল্লি। শম্বা হায়রবদা গুরুকুল মখল অমনি।

নোংমদি শ্রীতোম্বি কৌবা নিপামচ অমনা বাবাজীদা হংখি,—বাবা! মৈতৈশি থায়নবৈদা করি ধর্ম্ম চৎলম্বগে? বাবানা খুমখি,—তোম্বি! থায়নবৈদা বৈষ্ণবধর্ম্ম চৎত্রিবৈদা নিংথৌকাংব-কাংথম্বা

'স্ন মহী' ধর্ম্ম হৌদোকখি, কোরৌ অমা নিংথৌসিনা শা তানথদা বারত্তুনা সাবন থক্ত হৌবা নৈলিরি পাম্বী অমদী মথাদা কিপ্তুনা পোৎথ'রমলি ; নৈলিরি অচুবা খোইনা খোইহি চুপ্পা উরগা টাইবং-পানসিগী হিংনবা মতৌপাল অমা নৈলিরি কায়বা রাখম্মা ক'থি। মরিৎ কুপ্ত না অখোইবা মহী অচু থনখি ত নুংগা অচুমত্তুদা মাপী মহারনী ( লৈংগারেন ) নবেমাবু থৌরকখি— কাংবদি রাথম্মা তাওদুনা লেঁমা তপলি ; মতম অচুবা পাম্ব অমনা মাবু লাওদবগী লুমলি। ই.বম্ব নৈংম'রেণ তারিনুনা চৎলগা পাম্ব অচুবু মম্মানা মচা খেম্বগুম খেমত্তুনা কয়িৎ নৈংবাং কয়া পিক্তুনা তপথকল্লি। কাংবা নিংথৌনা মমৈথংদা মতৌচু উরগা লাউরকখি—ত রিমু ! তমখিবা শানি, চৎখোকউ, নুংত্তুমসিনা মকোক্তু নৈথাইত্তুনা লোইখোকে। ত রিমুনা থামখি, অচুগা শগোল তোঁবগুম পাম্বতু তোঁ'লগা মুংশি কৈমে শক্তুনা কৈরেম্মা চৎত্রে।

কা'বা কাংথম্মা অচকপা মতৌ নিংশিংত্তুনা নৈমা তারিমুগী মতৌ সাবন নৈলিরি নৈখোগুদা রাথন্দা লূপথখি।

খোইরি, মহী অখোইবা অথুম্ব'নি, হি'নবা পালল অমা ইপুদগী ইপাদা ইপানা ইম'দা, ইসানা তা'রিমুদা পিরি। ইপারি মাপললি অখোইবা মহীনি, স্নাবহীনি টাইবং মপুদগী শিন্ধবকলি—থরাই-মহীনি মিনি, ইবুঙো অমা নৈলিরি,—কৃবিবগী মক্লাক কুরুশিলবনি।

তোমি ! কুরুশিদবা অচুবু শ্রীকৃষ্ণ, না'রায়ণ টাইবং মপু, অসিনচিংবা কৌনৈ, মাহাক স্নধাহীনি। অসিগুম্বা নিংথৌ কাংবাগী মতমদা নৈত্রবাক্তা উরগ উশা কৌবা শৈরেং সকপা তেংথা নাওই

হৈবা অশৈবা অমা লৈরম্মী। উরগ্ শাগৈসি মমৈদা কাংহল্লম ওইখি। উশা ক বসি অখোইবা অশৈবনি, কনাগুম্বনা দৈত্যগুরু শুক্রাচার্য্যনিন্না হায়রৈ। শ্রীমদ্ভাগবত গীতাগী ১০শুব, মতাংদা শ্রীকৃষ্ণমক্না হায়রি,—মাস্তদি :—

বৃষ্ণীনাং বাসুদেবাঽস্মি পাণ্ডবানাং ধনঞ্জয়
মুনীনামপ্যহং ব্যাসঃ কবীনামুশনাঃ কবিঃ।

হায়বদি,—বৃষ্ণী শাগৈদা বাসুদেব পাণ্ডবকী অর্জ্জুন মুনিগী মরক্তা ব্যাস, কবিগী মনুংদা উশ কৃষ্ণ ঐমকনি।

বাবাজীনা অমুকন্না হায়খি,—ভোম্বি,। অঙকপনি, মাস্তু দ মৈতৈনা সংস্কৃত লাইরিক্কী অর্থ হন্তোকপা "নারদ উপগত" পুরাণদা ইরি,—নিংথৌ কাংবাসিনা পানবা মতমদা নোংপোক ইংখোলদা খোংহুনা চা-নবা পোৎ চাম্মা, হিংনা চা-নবা পোৎ মখল চাম্মা লৌ উহুনা খোকহনখি। মণয়াই লৈমা লোইহুনা মখোম শুমখি,—মণহুবু সংস্কৃতা কামধেনু কৌরৈ।

বাবাজীনা ভোম্বদা লীবা য়ারি তারগা চাউবানা হংখি,—বাবা! য়ুমদা য়োকপা শাশিংগী মপুংদা করম্ববু হায়না য়োকখিবগে? বাবাজীনা খুমখি,—শা-অহন-শাহন্ অমদি মণ হায়রিবসিনী, অকোনবা য়োকপনা শাকোননি, লৈ অহানবনা লৈরিনি লৈ অকোনবনা কোনপিরৈনি, উ-অহন্না উহনানি, হৈ অহনা হৈপীনি, মৈতৈলোন্দা অহুম্মক লৈরি। মাসি পুম্মক কাউদানবা চহীগী চৈয়াওবদা মৈতৈনা লাইদা পোৎচৈশিংসি কৎনরি।

চাউখন হংখি,—বাবা! ৈংতৈ ধর্ম্মসি উ-মা-ফিন্ নুংনচিংবা নিংবনি কায়নৈ, বাবাগী ৱাখল্দা করি লৈবগে? বাবাজীনা হায়খি,—হিন্দুধর্ম্মসিদু অদুগুম্বনি ব্রহ্মবাদীশি। খৃষ্টানশু মুসলমান ধর্ম্মশু ভূত-প্রেত, সয়তান থাজনরি; চৎদনবা হোৎনৈ, মতৌ অদুগুম্বা ৈংতৈনা কুপ্পশিনবা ম্নামহৌবু হাম্না খুররুগা পূম্মক অংদশু চঙবিরকদু হায়রৈ। এখোপেলি ডক্টরনা অনাবশী মহৌকপু অমংবশী মরু শংবা ম্মরমনি হায়বগুম্বনি। খোনচিংবা তোবদা ম্না হী খুররুগা তোবা ডাক্তনি, যিশুখৃষ্টদা চঙত্রবাদ ঈশ্বরনা ম দে ক য়ঙুনা খৃষ্টদ হায়জবদু ভূত লৌংবা ওইগদ্রা? মৈতৈগী লাই হয়াওবশী লাই পূম্মক অচৌবা সিপা মপাশিংবু নিংশিংনবা তোবনি, ৈংজিক মতমদা 'জয়ন্তি' নত্রগা 'পালন' তৌনবগুম্বনি।

তোম্বিদো বারীশিসি মতম থরা তারগা ময়ুমদা অয়ুকী লাইরিক ওর হৈনবা বাজাকোন্ থাদোক্লুনা চৎখি। অয়ুক অমা শ্রীসারোদাইশম শর্মিত বাবুনা তোম্বিবু মনাক্তা লাক্লগা হায়খি,—তোম্বি। হিদাক হাল্লুচো, বারী অমা সিবিগে। তোম্বিনা হিদাক হান্দুনা পিথক্লগা লৌশিন্নগা হিদাক থক্লা থক্লা হায়খি,—মোংমা নিপামচা অমনা লাইরিক তৈনিংখাই লৈতত্লনা মম্মাদা শেল থরদং পিউ হায়জখি মম্মাত্নুনা পীবা ঙমদত্নুনা নপুখৌ পাথংবদা নিজক্র হায়খি। অতাঃ অত্নুনা পাথংবাদা চিঠি অমা ইরগা ডাকবরদা চিঠিদু থাধগে চৎলমই, থাধকম থঙদবদগী অহল অমদা হংনুবদা, অহল অত্নুনা মাগী চিঠি পারগা লুপা অমা পিবিখি

মাকুনা অর্থাৎ অচুম্বা লাইরিক লৈবি তোম্বি ! লাই থাজবা
ভৌগদ্রু—ভগবান পাখংবানা পিবনি।

য়াম্নি ভাবনা মতু হুমিৎ কবাশিন্দা মতুংদা নোংমা তোম্বিনা
লাইরিক অমা মরকপদা সপোনশেম ইত্তোনা হায়রকই—ইপুরাদি
মরম ওকইদা, ঐশ্বর্যগী নোংমাইখোইদি লাইরিক তম্মু য়াম্রে;
ইবুঙো ! ইপুরাবু ভংশিবগী হায়রবদি লেম্না পীবাম্ড য়াংদি অতুবু
ইচেনা লায়রবগী লেম্না পীবদি ভগত্রে মাহন্ ইন্দেদা নংগী
লাইরিক অমগীদি হায়রনা লুপাবথাম অমা লৌবি—ইংকোনবু
থম্বুনা পিরকউ তংবুবা—কাওম্মুকো ইবুঙো।

মাগী ৰঙ্গু ভাবগা তোম্বিনা য়াখল থম্না থম্না অঙুম লাকপদা
মশাগী নংবাকু থম্নরগা মথক্ত ইন্দা চাকাখ। নোংমদি তোম্বিনা
উপায় লৈতাত্রুনা মহাবগী উমংগী নোংচুপ পাংনা চেম্নুনা ইন্দান
তুরেলগী তংখায় থম্লবা ঈশিং মথক্ত শ্রীললিতনা লিখিবা বংরী
মতু ইম চিঠি অমা ইরগা শ্রীপাথংবা ইবুঙোদা কৎখি। তুরেলগী
থংকোক তৌবা লাইঅ ঈচেম্না ঈথক্ত লোয়নবা তোম্বিগী চিঠিত্ত
পুত্রনা চেন্দুরি, তোর্বান চাংলোথক্ত লেপ্লগা মখিত্তা মপী লিক্করবা
তোম্বিনা মপুক মপুংদা মখোনদি থোক্তনা হায়রখি,—হে ইবুঙো !
নখোঙ্ খাদা কৎচরি, নমাইবু চানবিয়ু। ঈচেলথক্তা ঈশিং-
হখিংনা চেন্দুনা শম্নরি, ঈচেম্না হুমিৎকী মখি পমহুনা তোম্বিগী
চিঠি পুত্রনা তপ্না চেন্দরি; থংহৌদাম্না ঈশিংথক্ত মীনা ঈশিংদা
থুৎকাম্নী কাম্নগুম 'চোক লাউবা মখোল অমা থোকখি।
তোম্বিনা মবুঙোনা ভাবিয়ে থনজত্রনা হল্লকখি। থম্ম লৈরগা

পরিক্ষা পীবদবি বৃত্তি ( scholarship ) কংবুনা লাইরিক থীবা তানা তমথৎ থোক্লে।

চহী অহুমা তোম্বিনা লাইরিক ওরাইথীবা থম্বা লাইরিক মরকতা লিংহা মচা অমত্তং চঙলকুনা কুম্মুনা লৈরম্মি। রাসীগী তে ম্বিনা বাবাজীদা তমখি য বাজীনা হায়খি,- নিপামচা! নহাক হান্দক্কি পারিক্ষ নিংখিনা তমগনি, লিন্ অহু লাইনী খুদম তৌবনি। শ্রীনারায়ণনা অনন্ত লিনবু মথক্ত যাহিপনি, মতৌ অহুগুম্না ভগবান্ পাখংবানা টাউরোইলাই লিনদা ফমহুনা লৈ। টাউরোইলাই পাখংববু অনন্ত নাগনি নিংলৈ, টাউরোইলাই হ'রবদি ট উহুনা দৈরিবা মপান নাইদগী লাই কাবরমি অমরোমদা হায়রগা বিরাটমূর্ত্তি ভগবানবুনি খঙলৈ। মীওইবগী থোইদ্রিন মামু'নগী শোতকাওবা কুট কুম্মিখোইরে'ম লাংই থীবে: লিনলাং লিনবোং অঙ্গুম্না থায়বনি, মথেক শরি খোক্লা পকু'দা কোংবুনা লৈবগা শৌজগা লোইরি। অসিগুম্বা লিনগী মওং মালবা খোইম্রিন লিনশাংসিবু টাউরোইলাই পাখংবাগা চাংদমলৈ। মরম অহুদগী মচেম্মগা মর'গা চীকথিরবা লিন মথল অমবুস্ত পাখংবগী সক্তমনি হায়দুনা মীনা অহুগুম্বা লিন উরগা পাখংবা খোকলে হ'রলৈ। অহুদগী পাখবগী পূজা তৌলৈ, মী থবনদি লিন লাংপগুম থরি, লিম্মু লাংপা নত্তে গুরুশিদবা পাখংবাবু লাংপনি তোম্বি! নংমু পখংবা খুরমজু।

তোম্বিনা চিংনরুনা হংখি,—বাবাজি! মাঁমহৌনা কন বো হায়রখি,—গুরুশিষবগী মপানথোংদা উংলিবা টাইবংনি পাখংবানি

খঙ্মোয় সুংদা মরি ওইনা হিংনবা শক্তি ( চেতনা ) অমা পিবাগু গুরু শিদবগী মখি অমদি অন্থানি, মাতু স্নামহৌনি। স্নামহৌ শিংবদি গ্রন্থ সাধন তৌবনি। গুরুগী মচা চয়ে অঙনি চাৎবদি মপান নাইদবা টাইবং মপুনা মসক নাইরকপদা উৎপা অচানবা মতৌনি নাহাক্না নঙ্মগা নংগা অমত এইবঙ্গুম স্নামহৌগা গুরুশিদবগা অমত্তনি। বাবাজীনা হায়খি,—তোম্বি! নিপা অমনা শিরমদাইদা মচা-মস্থগী করি থাদয়মগদগে খল্লবাদি উহৈ পাপি অমা থাবিরম্বনা লুপা অমা থাদয়রম্বদগী হেন্নি, উবৈতু পাপগা মচা-মস্থুনা চাঞ্জ অতুদগীসু হেনবদি নিপা অমুনা ঈশ্বরগী মরমদা পাউতাক পিবিরম্বনা অহেনবনি স্নামহৌ স্নাকবিরেন শিদবনি গুরুশিদবনি।

তোম্বিনা বাবাজীগী পাউতাক মরক মরক তাজত্তুনা নিংবা কায়রবা মতমদা বাবাজীনা মাগী পুকনিং থেম্বিনবা ওইনা নৈার। মতৌ অমুম্না মৈতৈ লবোইবাসনা তোম্বনা চংবদা ধর্ম্মগী পাউ-তাক পিচুনা নৈরকপা মতম কনা সুংশাখেং। নোংমাদি বাব জীতু য়াম্না কনা স্নাইকপাং জৈরি হায়নরকলে। তোম্বসু মরক মরক চস্থুনা বাবাজীবু দর্শন তৌজখি। মৈতৈ লবোইবনা নায়নদি ব্রাহ্মণ মচাশিংনা চাক থোংতুনা পীজনৈ ;মতুগীদমক বামোন মচা নেকপদা য়াম্না বানৈ।

নোংমদি হায়তম তৌগমদবা চাউবনা হায়খি,—বাবাজী! নংসে ধর্ম্ম লায়না চৎমানে, কমসু নাবে; শিবসু শিদে, কবসু লাইদে মী ওইলিবা করিগীনো? খিৎ পিরোবা।

বাবাজীগী কংলবা চীনবান্দা নোংকেং তৌরগা হায়রকই,— চউনা! অচুম্বরকনি, ঐগী পুকনিং জয় তৌবা ওয়রে, ঐনা শোইবুমগা তাক্নাগা থোংবা অমুক্ চনিংই,—যাদু পিজো অদুগা শিল্পগে চউবনা শাংউরদুনা কুক তৌগৎলগা হ'রথি,—লখোইবনা ডা চাবা জম্ মীনা নোক্লগনি তুমিন লৈউ। বাবাজীনা হায়রকই,— চাউবা! তৌথি-মাদা চায়ও অমুক্কং পিজৌ অদুগা ঐ শিল্পগে, ঐনা শিরবা তুংদা ঐসে কনাগো খঙলকনি। কত্তবা পাউ থুনা ছল্লোকই কায়বগুম পাউদু র' বা ল উনা ছল্লোকথি, মীয়ায়া নোক্লথি, অদুব তে থিগ' তৌথি-মাগা অনিনা নিংথিনা থোংলগা মাবাজীনা মেনসাংদো কর্থি বাবাজীদো গুমিৎ কয়ানিমূক হয়াও হয়াও লেনথি থাউটৈবনা মুৎলমদাইদা তাহোকপগুম ওক্না শোইবুম চায়গা হকচাংদো কনবগুম উৎথি।

নোংমদি অমুকনি, পুং মাপললোম চাব অয়বাইদা চেক্না তমুথী অমনা মথায়োমদগী পাইরক্লগা তৌথিগী কোকতোন্ লায়া পাইদুনা 'কা কা' খোংথি। তৌথি-মানা হায়রকই,—তৌথি! কথিনোনে হায়, ক কসিবু ইচাগী মথক লায়া পাইদুনা খোংলিবা-সিবো! তামজা অহুমক্তদা লৈকাইগী মুমলোমবী অমনা লাউনা কৌরদুনা হায়রকই,—হো তৌথি! হো তৌথি! নম্মাদু তায়বর তাত্রিত্র', বাজিকোন্গী বাবাজীদু থুপথে হায়রৈ, চৎজুসি। তৌথি মম্মা মচাদু পাউদু তাবদা বাবাজীগী আশ্রম য়ৌয়কপি; বাবাজীগী থবাই য়াওত্রবা ম্না হকচাংদো থাংপোকসং অমদা থিনা কোয়শিন্দুনা চেপলি। মখোয়নিবু উৎদা মী থবনা যোযোম

তোমা মুরুম মুরুম ঙাংলৈ,—বাবাজীবু ঙাক্লোগ খোইজিনগা পিজবা মম্মা মচা লাকলে। তোম্বি মানা মীয়ম্না ঙংনবাহ নাতাক্লে, মরিম্তা ঈং চেম্না বাবাবু খুমনগা হ্বুরি, লেংলত্রা বাবা! মীয়ামদা ওনশিল্লগা হায়জরি,—বাব জীগী চাইথরবা লাইজদি মনাই ঐনা সে'কচরুবা মাগজ্রা?

চ উবানা হায়রকই,—ঙাক্লোদম্ খোইবুমগা লোংচনা পিজনা ভুয়ী ইতৈখাদা ঈশিং শোকপা করি য়াবোইদ্রে! তে স্তি মম্মানা মাপুল অমা পায়রগা ঈ শিং সোক্রুবা থোরাং তেম্ব তোরগা হায়রি,—ইয়ু'দো। অথ'ইবা মুনি,—বাবাজীবু থ'দোক্লা লৈরমু ইমা ঈশিং সোক্লুবে, বাবাজীবু চাইথরদা তৌসি।

তোম্বি-মানা ঈশিং শোক্লুরবা থোহথাং অমা অমি হেক থাংলকপদা অঙকপা দৃশ্য অমা থোকখি। মকম অহ মুহারখি,—বাজীকোন্নী অকোয়বদা তৌরিবা পাম্বেলশিং থক থক নিকলি পোনবি চেক্লা কয়ানা বা বা লাউনা থোঁখি লোংলৈ মুংশিংনা অঙকপা কংনা উরু উক লৈনা শিংলি তোম্বিনা হে ওচিকখিন্না বাবাজীগী হকশাং শেয়জরি; তানজা অসিমক্লদা মীয়াম্না ঙরবা থবক অমা থোক্লকলি মাবা'না চেপজিবা থাংলোক্লী মুখুমথবদা লোংলৈ-মুংশিংকা লোয়মনা কুং কুং লাউনা মথোল থোক্লা ঈশিংগী শেরে অমা য়ামনা কায়কখি,—শেরেগী লাইজবা তোম্বি-মানা পুখিদা মাপুল মপু'দা শিকথলনা হৈথরকখি, তোম্বি-মাম্ লাইজাহ মাখি থোয়কলিবা লাইজ শেরে উবদা মহান মোং কুরুক্ষেত্র লমদেলদা মপুথো ভীষ্মনা শরশয্যাদা চেপ্তুনা লৈরগা ঈশিং

নিবকপদ পণ্ডা অর্জ্জুননা তেন কাণ্ডুব ঈশিং পুথংলকখিবাদু নিংসিংদবা ওয়দে। তোঙ-মাগী স্নাপূনদা চৎলিবা লাইজম্ব লৈহিং নশ্বী মকতা তুলসীগ চন্দনগা যাম্নব লাইজম্বম মনম মু শিন্নি. মনম অহমক্কুনা মুহ রে থন্দুনা চাক্-ঙা চাকৃতা লাউরম্বাশিং ইওক থকু থ। পেঙ্গে কোংয়োকনবগী ঈংলব', মঙাল লাইজ মমমগু চুপবা মঙলংবনা হুংহন্দুনা মুংঙ টবা পোকহনখি,— ভূমিকম্প তোবগী তোংগৈ মু শিৎ লেপখি।

পাউসি আকায়বদা লৈবা মীয়াম্না কারক্তনা য়েংগদবগী লাক্ক-বগা. মীনা ফিঙো ফোংগ্রে। মীয়াম্না 'জয় বাবাজীগী জয়' হ উংখ। তিক্লবা মীচু অমত্তো মতিক য়াবখি, । উদা কাবনা উতোংয়োম, থ দা কাবনা থ তোপ লোমখি। বাবাজীগী স্নাহকশাংতু লাইজম্বনা চাইথবা লোইবগা লাইজ পেরে বাংনা চোংথৎপাদু মথন্ত থমখি ফকম অছু মনম মুংশিবা মাঙংবনা তপ্পা তপ্পা থোমল তোন্নি। মনম অচ উতোন থ'তোন কাবা মী ফাওবনা মনথ ফাখি, অওকপনি! নোংদোলথক্তো তাইবং পুল্লি য়াইওইনা স্ন থো-মতোন তাউভলবদি তৃমিম্না লৈখিদে, মাগী স্না মসোং কাও, মুংশা অবেংবম্না বাবাজিগী থাংপোক মপং লিংশিনম্নগা তপ্পা তপ্পা লাইজাম্ব কংহল্লি। ভগবান সূর্য্য নারায়ম্না তৌবিবদু উৱগা হয়িচক্কা থ্বাই মুংচেংবশিবা হাওক্তোংলাং নমু পোংবা ক তলবনা মুমিৎ অনি থোকপদগী অমা কাপথখিবা, চীন দেশতা ফমিৎ মাপল থোক্লমদগী নিপাল কাপথখি হায়বাদু নিংশিংদবা ওয়দে।

ঙংঙি ঙং। মীয়াম্না বাবাজীবু খুরুমজরি। থংজৌদোনা নোংশিং নাপ্সিবা অমা শিংলক্লগা বাজীকোনগী নোংপোক থংবদা হৌরিবা কেলি মাপান, হৈরৌ মাপান, বায়ক কুম্না লৈ কয় পুরক্লগা বাবাজীগী থাংগোকসং মথক্তা স্বর্গগী লাইরশিংনা পারিজাত চাই-থবগুম চাইথরকখি। তোম্বিনা য়াম্না তোংন্থুনা কৈথা পোনবা চাটবা হুইগুম তপ্না তপ্না চত্তলক্লগা! বাবজীগী স্না হকশাংদা চন্দোম মরুম কয়া তক্লগা থৌগল তৌজরি তের্ব্বান থক্ত পূর্ব্বে বাবাজী মথর লেহবে', চিতা অমা শারগা সংস্কার তৌরি। খুইনা সংস্কার তৌরমদাইদা হৈরুক্লচিংবা কহৈ। তোম্বিনা মীয়ামদা হায়জখি,—বাবাজীগীদি তোর্ব্বান চীথেক্ত থৌবা হৈবোংস্ত হৈরুক্ত হাপকদবনি। অহল অমনা হংখি,—করিগীনো? তোম্বিনা খুমখি,—বাবাজীগি মথা কায়নববা মডুংদা চানিংঙাই লৈতবদগী অতাং ওইরিবৈত্তদা হৈবোংসি কারগা হৈবোং হেক্লুনা অয়াবা কোক্লখি, বাবাজীনা হৈবোংসিবু মন্নামকনি হায়রনই হয়িচক্ত মীওইবনা চাকতি চংক্লুন চায়নই হংমবাচু অসিনি হৈবে; চাক্তুম মথল অমনি, নিংসিংমবা তৌবিউ হায়খি

পোৎলোইয়ে। পোৎলোইবগী থৈথু অহ্রু চুমজিং চুম্না অতিয়া য়েৌনা কারি; মতম অহুদা লৈকাইগী অহল অমনা হায়খি,—ইচিম-ইনাউশা, বাবাজীগী চিতাগী থৈথু চুম্না কাম্নবাদি স্বর্গ কাবগী খুদমনি, মীয়াম্না য়েংনখি। মীনা অম্থুনা তাংনৈ থাবাজি অহুনা খুজাই মচা অমদগী হৈদ্রাংনা কোৎল কোৎলগা নিংথৌ অমগী লাম্নীগা লোয়রনা মী চাম্মাদু চাক শিজবা তমখি। পোৎলোইবা

লোইরে। মীয়ামশা থোংকমচু য়াই ভৈশিল্লে, হাজাম মরু থোইদিং চাইশল্লে। অরোইবা পূজা হেক লোইবদা থোংকমগী অরাংথংবা অচুম্বগী তৌরগা আত্তিয়া য়েনবা চুমথাং থঙখি। অচুম্বগী নত্তনা শ্রদ্ধ লোইবা সুমিত্তম্ব অচুম্বা চুংথ ও থমথী। তৌরিবা মতৌশিংসি উবগা হায়রম তৌরমনবা ও উবানা কায়খি,—বাবানা হায়রম্মি, ঐগী লমচাঙ্গি ঐনা শিরগা থঙগনি। অচুম্বমক চহি কয়া কুইরবনো থঙস্লে হৌজিক চাজিংগী বাজকোন লৈরি। উপান বাপান অয়াম্বা কচ্ছুবা মীশিংনা মাস্থেংঙনা মাংঙশিন্নকলে। মৈতৈ অহল অমনা কাম্মখি,—বাবাজীনা টাইবং মপুবু পাথংবা বৈষ্ণবশিংনা কৃষ্ণ, জ্ঞানীশিংনা ব্রহ্ম, যোগীশিংনা পরমাত্মা ( মাইবিরেণ ) কৌবৈ।

জয় বাবাজীগী জয়!



# বৈষ্ণবী খোংনাং

খৃষ্টাব্দ ১৯৬৯ দা ইবুংসিজ বীরমনিনা তেথাও লৈমা কোংদা-লোকপী মমিং অমনা কুমজ নয়নী কৌবী, মহারাজ গৌরশ্যামগী মতা ইবেম্মবু তেথাও অমদি শিবসাগরগী নিংথৌগী মনাক থিল্লুমবা মতুংদা মহারাজ শ্রীচিংথংখোম্বনা চজিংদা কোম্মুং হোংখি। মহারাজ চৌংথংখোম্বগা চহি অসিদা চজিং পূম্মি অচৌবলি কৌবা

হৌহনখি, লোইক্রিতৈঙদা মোইরাংথেম যোগিন্দ্রনা অরা লাম্নী পুরক্‌্না লাস্তারখি। পুথিসি শিবসাগর পুথি মুক চ'উম্রবাগী মণিপুরদা লৈবা পুথি অচৌবাশিংগী মরক্তা অনিম্মবা পুথিং-চৌবানি হায়বা য়াই। মথক্তা পনথ্রিবা বাক্তকোয়া মাসিগী শা থংবা মপালদা লৈ, অরাংথংবদা বৈষ্ণবী খোংনাং হৌরি।

মী অমি তিম্নরগা নিংথৌ ওইখিম্নবা'স মণিপুর অমস্তং চৌন লৈবাকী য়ারীপদা কংই চাইনিজশিংনা মনিংগী মাঙ্গথংনা য়ুম্নাকী মখিং ইটৈন, মৈতৈসু অম্রম্না তৌমে চাইনিজ নিংথৌশিংনা মখোয়বু স্বর্গরেণগী মচা ১সূনি হায়রকৈ, মতৌ অরুপুম্ন চৈতৈনসু মখোয়বু স্বর্গরেণগী খারানি, লাইমচা (দেবত) নি হায়রকৈ।

লাংথব নদী হিজাংখাংগী নোংচুপ পাংবদা লিলোং কাওবদা সোরোক অমা চুম্না চৎলি, সোরোকসি খায়নগী কোম্বুংগী লৈপল্ মথক্তা লেমখিবনি। মৈতৈসিবু কনানা নাগা কুকিগী মচা মম্বুনি, মনাক অমকপা চোংদগী লাক্ক্‌্না লেমখিবনি হায়বৈ, অঙ্গম্বদি ওইরগা জাতি অসিবু সালাই তরেৎনা তিনতুনা লেখনি হায়বানি মৈমৈরোন্দা ইরি; সালাইশিংবু নিংথৌচা, অঙোম, খাব-ঙানবা, খুমন, মোইরাং, লুয়াং,—চেংলৈ লমিনচিংবনি। নিংথৌশিংনা চৌংগী মীশিংবুসু সালাই মরিথোক্না খায়হনমই। মৈতৈগীদি মুখিং তরেৎনিনা চয়োল শাই, হায়বদগী সাগৈসু তরেৎ, অদুগা লগোল কাংজৈ, কাং শাম্নবা থোক্কাটৈ, শৌ চিংনবা, থৌরি চিংনমনচিংবা শামনসু মী তন্থ্রেৎ তরেৎনা মাচং ওইনা হৌরোকখি। ভারতবর্ষগী নোংচুপ-

মখুংদা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়মখুম, লাইরেনমখুম, সগোলশেম, লাইরিক-এংবমনচিংখাদি নোংচুপ ভারত মচা ভাক্‌নি। অর্ঘ্য সন্তাননি।

ভোখিনা থম চাউরক্লবদা ইতিহাসকী বা থবাস খন্দুনা হিজগাং সোরোক তুংইমনা হকশিং লাবা চংলকপদ। কুচুনা সনা অহিংবা মানবী, চাং মত্তাং তরামগতারোমদা ভাইবী, ওকপমদা তুলসী মালা শিবী, মসয়া চাকাক্লবী (জটা) পুবী মায়কৈনা কিজেং ওইবী অমা সোরোক লমসাং ইমা তপ্পা তপ্পা লিলোংলেংম তাংমা চংথরমলি। ম'হ'ক্‌ কদায়দগী থোকলকপা কদাইদগী লাকপনো খন্তনখিদে। কিজেং কিয়োন য়াওদবাচ্চ উরপা অন্তাওবী অমা চংলিমাগে খনদবা ভংদে। মী পূরমক য়াহোমাত্র পুজ ভুনা খুত্তা মালা চংলপা তুমিয়া কনাবুয়ু মে'দানা তপলপ্‌ চংপা উরপা ভোখিনা হংখি,—কদায়দগী ওইরবনো? মুজাচ্চ মা-মচেং অমাকাও ভাংখিদে, হমঙ্গু য়েংলকখিদে। ভোখিনা মকাক্‌বু অত্তাওবীয়া খন্দুখা কনা ভোয়না হংখি,—পাউথুম কংখিদে, ইন্ধ ল ইরিল তুরেল অনিগী তিনকম লিংলোং ভুরেন ঐপাক্‌নি। গঙ্গা যমুনা, সরস্বতী তুরেন অহম তিনকমু মীনা প্রায়াগ অমদি ত্রিবেণী কৌনৈ, ত্রিবেণী হায়বা শকসিদি মিংগুম অসিগী মরক্ত লৈবা লাইথচী শরুকপুসু থওৈন, মৈতৈ লাইনিংথশিংদা ওকুসং অমদি গুরু শিষ্য উরকমগী সং হায়নমু থওৈন। লিলোংসিবু ত্রিবেণীগা মাদৈ খন্দুনা লাইরয়গী মবুভোনি লায়চুনা হিন্দুশিংনা গরিব-নিবাজ মিংথোল খিখিবা মহারাজ পামহৈবনা শ্রীরামবু মীংবা লামজয়বদা রামহী—পাথংবা ধর্ম, বৈষ্ণব ধর্ম থাদোক্‌না মকমসিদা ঐরুপুনা

শ্রীরামচন্দ্রবু নিংবা হৌখি। মণিপুরদা শ্রীগৌরাঙ্গনা পোক্লিকৈদগী হৌনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংলকলবনি। মহারাজ খাগেম্বগী মপা ইবুঙো মুংয়াম্বনা খৃষ্টাব্দ ১৫৬২ দা নিংথৌ ওইখি, বিষ্ণুপুরদা বিষ্ণু মন্দির শাজনখি মতং অদুদগি শ্রীগৌরাঙ্গ দেবাগি চাহ থমিজে ভাইরে। মৈদিংঙু ভোনাখাসিনা খৃষ্টাব্দ ১৩৫৯ দাও মণিপুরগী নিংথৌ ওইরম্লগা ত্রিপুরা খয় তোঙ্গনা তোনাবা মানিক্য কৌহুনা পানখি, মাহাক্না নারদ উপগত পুরাণ চৈতৈরোঙ্গা সংস্কৃত লোন্দগী অনুবাদ তৌখি। মাঙ্গুনস্ত চৈতৈনা বৈষ্ণব ওইবগী শাস্ত্র তরি ভারতবর্ষগী পুরাণ ১৮ শুবা হৌবা মতমদা মণিপুরদা নিংথৌ পুরাণ খাবানা পানখি। মরম অদুনা নিংথৌসিংবু পুরাণ্ডাবা কৌনখি, পুরাণ ভবানিপালদি; ভারত; শ্রীমদ্ভাগবত, কর্ম্ম পুরাণনচংবনি। খৃষ্টাব্দ ১২৪২ দা নিংথৌ খিয়াং ইথোলহৌবা মণিপুরদা পানখি, মতম অদুদা জগন্নাথ ক্ষেত্র ( পুরী ) গী জগন্নাথ মূর্ত্তি শাবা হৌখি হায়না নারদ উপগত পুরাণদা ইরি।

লিলোং ভুরেন ইপাকাসি ঈশিংনা চাংজো পানা নিক নিক লউনা চেমবদগী হস্থাখদুনা ভুরেন চাবুক কাও থজনা ঈশিং চেনবা মতমনি; মতমসিদা তোখিনা রং ভাংদবী, ফিশেস্তবী লখোইবীগী মতুংইনা লিলোং ভমা লাকমিন্নখি। মতম অদুকাও য়োই মায়াই ভাউভলবদি নোংমাইজিংগী মায়দা মশেংং পিরু হস্তোক্লকপদা মডায়রি। লখোইবীদুগা তোখিগা লাকপা মতৌচ উবদা মীশিংসু য়োৎচাবীনা মনাক মকপা য়োৎ চিংশিনবভুম, ভম্না মতুং ইন্দুনা তুমিন-তুমিন লাক্লখি। কনানসু হুজাহুদা বা

ভাংবা ঙম্নখিদে, কংঙনস্থ খুঁবখিদে। ইম্ফাল তুরেল থক্ত উরোক-খোংদা লংম্নগা আর যদিগী 'ব' জৈচীন্না কমদোম শাগৈ অমা লৈরম্মি, শাগৈ অদুগী অহলগু য়ম্না সংস্কৃত ব্যাকরণ চিংবা হৈবা পণ্ডিত অমনি। মখাগী য়ুমগী লোংচুপ পাংবদা সনাখোংবাং পাখি অমা মপা-মরেং মস্না পুংমা হৌরি। লাইনিংবী ফিদেন্সবী মুজাকুনা উরোপ্‌খোং লাম্নগা খোংনাংমাথক্ত তাম্না চৎখি। খোংবাংগী নাকল অমদা ঈশিং ঈচাওদুগী কিন্থ্রবা ঙমবা মকম অমা লৈরম্মি। মতংকুদদা সূর্যদেবস্থ মোমোন মোক্না লাইনিংথৌবু মীয়াম্না উকহৌসন্থ হাংবগী মত্তাগুম নোংমাইচিং চাংদোম-থক্ত খোঙশালক্তি। লাইনিংবী মুজাকুনা মোইবায়াই তাউঙ্গবাবু মেংলগা মথুং অদি লোম্নবা থুরক্তম ভাইহ ক তৌরম্মি,—নিনিট অমা অনিগী মতুংদা, লাইঙ্গ ঈরোন্নদা চোংথক্লে। চাউরবা ঈশিংবা লাইনিংথৌবু কোম্নখিনাখি, অমুক কাওথংলকপা তাউথংপা কনানস্থ উখিদে।

ঋষিমাগী মিৎমাংদা খোক্লিবা থৌদোকনি। মীয়াম্না চিংনরকুনা মু-মম্না মী কোম্নগা মু নমহনখি, ইদু হন্থুনা লাইরিংবীবু কংনবা হোৎনখি, কংবা ঙম্নখিদে। খাইন্না থম্নখি,—অচাওবীনি, ঈশিংদা টাওদুনা টাইবং চুংওইনপ্রমনি। মী পুম্নমক্না মীংতমদবগী মুংশাশোম হোম্নখি। মুমিৎমুংবাকাও থীবদা লাইনিংবীগী হকচাং কংখিদে; মৈহৈতনা থাজনবা অমা নৈদ,—হা-উতংগী পৈয়া শিম্নগা চোর্ম্নান অচোম্না অমাকাও তিংলগা মাকুদা তাইবেম যানা পরেং শান্না যাম্নবদি ঈশিংদা লাইনা সৌথিবা অখিবা হকচাংদু মকমদু

লংখোক ত্রিবেণী হেক টাওখ্রে। মাদু থমদুনা লাইনিংবীগী অশিবা হকশাং চেক্লিন্দবা হ যদুনা মীয়াম্না লাং থনখি,— ত'ইরেন মানা ফানদুনা থম্বা চংনবীগুবু লাংখনবা কৌনৈ।

ঈশিংদা টত্তুং শিবা মীদি সুমিৎ হুমনিদা কাওখ্রে; অদিং ৭/৮ শুংগ্রী, বাংলাদগী লাইনিংবীগী হকশাংদু ত উখ্রেপা কনানন্দ উখিরে। নিংদোং ঈশাক্তা অঙকপা থোদোক থরম্ব থোকখি,—নোংমৈদা চুংশিনবা ঈশিংদা লুপ্পগা তুয়েনগী ঈশিংদু কুট মখা তরুক রাংনা পুখংলগা ঈশিংগী য়ুম্বিতন উংলগা মথন্তা অমুক টাখি। তেশিন তোর্ববাঙ্গ চক্তুনা লাইনিংবীগী অশিবা হকশাং টাউখ্রেপরা হেংনা তোংনবদা' তক্নবা থোদোকশিংদু উখি। লাইনিংবীনা হোংথখিব' মফম অসিবাইদা য়াম্না ঈবৈ কনবা মফম ওল, মফম অদুমক্তগা শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তি লিংখ্রেনবা কাইন্তাদগী থৈবোং পুরকপদা থুংখি। মফম অদুদা পায় ত স্তোয়গা থৈবোং পাখিদু টাওখ্রেনকাথ, মাবদুনা তেবং'ন অদুদা টাব থুনবু থারাবন্তি কৌনখি। তুবেন অনিগী ঈশিং থোংজিনবদা উক উক্ল লৈবাদু এলাহাবাদকী প্রয়াগকা হাইকেৎ মাহৈ। লাইনিংবী লাইরেমাগী অশিবা দেহ কনানন্দ উবা ফানখিদে।

অঙকপনি! সুমিৎ তারানি শুবদা মো ডানমগী সুমিৎনা তরং তরুং হস্তোকরকপা য়ুত্তমদা মীয়াম্গ কুনা কুনা থিবদম্ব কংথিরবা লাইনিংবীগী হকশাং অদু সাইরু-থক্ত থবাল চাম্মাকিপাল অমাংপা টাউবগুম থোক্লাই চনা কমদুনা থৈবা তোয়ম্বিনা থেংনখি। ঈশিংদা শিবা মীদি নিশানা উম্বা তাইই, মুপীনা লেংবা

তাউই। কমজুনা নৈবা উবদা তোবিনা ময়ামদা তাকে, মীয়ামনা ইরোইবা হৈবা হৈতবা ওম্না লাক্রে, ঈচেলঙুমা নোংচুপ পাংনা কয়া চেন্দুনম্ব লাইরেমাগী হকচাংতুদি ইকেঙ কেঙদনা ত উবা উরগা, হি অনি খত্রাং পুংশন্দুনা উপাম্না কমকম ওইহন্দুনা মীয়াম্না লাইরেমাবু লৌখৎলে। নুংঙাইবা তাররি চুপ্না ঈশিং মপুংনা লৈরুরবস্ত মোমোন নোকপা মতৌ, মমিৎ কুপ্প, খোয় চোনবা উরগা মীয়াম্না মাবু লাইরেমানি হয়না, অদুবু বা হংবদা পাউখুম অমত্তু পিরকদিদে, হাইকেত্তা মনোকলমক। লাইরু-নুংদা পু মৎ তরানমুক লাই নিংজুবী লমে ইবীগী পাউসি লৈম্ম চাকপগুম থুন ছম্নোকখ ; ইপুংপুংদা কনা কুইনা লৈরুঙনম্ব কুচু কুমেম্ন কবি অমত্তা মকাংখদে। অথাপ অথায়দগী মী য় ম্না লাকুনা পলেমবু দর্শন তৌবা লাক্লে। লাইগী মূর্ত্তি দোলাইদা পুবগুম পুরগা চজিং পুম্না অতোবগী হবর ;- থবা তেৰ্বান্দ থমখি। লাই মূর্ত্তি লাৎপগুম লৈ-গু চাম থরবা কিরোম্না লমোইবীগী মমাংদা পৈখি, শেংহু শেঙে চাম্ব চাদিদে মীনা কৎলবা উরগা মোমোন তৌনা হাইকেত্তা মনোকখি।

মীশেল থাঙনজুনা যোগিনী অদুবু মীয়াম্না সংজুনা নোংমা নিদি লাৎলবী ; অহিংদহি থাজগী মতৌগুম্নমু মাগী অকোয়বদা মচু মমেম্না পুমতাল তালখি। কৎলম্বা পোৎশিং অসংবা মীনা চারবাম্ব করিমু হায়খিদে, শেল কয়া কৎলমই, মীনা লৌমবম্ব বা তাংদে। লকোই, চু, কবোক, মজোম লৈপাকহরাই, চিনি মাপাক, চেঙপাক্ কয়া কৎলমই, থক চারমদে। মতৌ অদুম্না চুমিৎ হমলি লৈবিরম্নগা থঙহোৎনা মাঙখি। কনাগুম্বনদি মাহাক

অহ লোনম ইজিং বৈষ্ণবীশিন্নু হ য়রৈ, অদুগা কনাগুমনা লিংথো থাদেম্বা স্না হাংথকা নৈরবী থকী মাইবীশিন্নু হায়রৈ। লাইজ থক্তা কে'গোল চাউনা কারম্নগা কোলোমা তাকখিবগুম্ টাইবং মাল-পান্দা উৎলম্বী বৈষ্ণবী অমখদা লোৎখি। অহল লম্মা বৈষ্ণবীনা নৈবিরম্বা মকম অগুদা স্না খোংনাং পাখি অনি থাদুনা বৈষ্ণবীবু নিং-সিংনবা হোৎনখি। হৌজিককাও মনা খোংনাং অনিদু হৌরি।



# তাংবন্-লোই

'তাংবন্-লোই' হায়বা য়ারাসিমক হৌজিক মতমদা চ্যায়ার-ম্যান (chair-man) হায়বা শব্দ অসিগা থরদি মাদৈ অঙৌবু শা-লান্দা থোনা য়াম্ন কবা, মাম্ন পাকপা বীরশিংদা মিংথ লসি পিনরম্মী। খৃষ্টাব্দ ১৯৭৭ তগীদি কাহ ড়সি ইম্ফাল খিনি ব স্‌ লশ্মি সেমদুনা কাওনরে। ইং কুমচা ১৮৩০ দা মহারাজ গম্ভীর সিংহগী পাটরাণী (নৈমায়েণ) কুমুদিনী দেবীনা শ্রীনবিন কোবা অমগা লোতুনদুনা শ্রীনরসিংহ যুবারাজম্ন হাৎনবা তৌখি অদুবু সংলিবা (সম্রী) দা থম্ভা শ্রীনবিমনী থরাই মাতখি কুমুদনী মহারাণীদি রাজনিতি ওস্তোক্না হৈবীনি। মজা ইবু'ঙো নিং'থেম পিশক অথদি স্তাম চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কে, সি, এস, আইবু, নরসিংহ

কীবদগী লম্মাংতোংগী নুংথাবী লাম্নুংদা শ্রীহট্ট ভাগ্না লেংথি। লম্নি আসিবু মায়াং চংনবা লম্নি কৌনখি। হৌজিক মতমদা বাস্ চংনবা কাওরিবা লম্নি অসিনা থাইনগী অসম লম্বনি, থায়নগী অসম থে ঙনম্নিদি বাস্ লম্নিগুম্না চংনবে থায়ম পলেন লাম্নগা চংনম্বনি।

হৌজিক্কী কাছ ড লম্নিগী মাকল অনিদ মাইওক্কা (অর্জ্জুন) পরেং পাম্বি (ভুমপত্রী), উম্নি সা (ব ক চম্নি) উথাও (নাগেশ্বর) না-নপ্ (কামিনীকুসুম) পাম্বি কয়া লেংবি। পাম্বেলশিংনা লিম্নি শিংপা মালংবনা হুম্বদা হুই হুম্না শাম্নহুমা লৈবাক, ব্রজ বৃন্দাবনদা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা রাস শাম্নবগুম নিংথিজে, অসংব মংগনভুং মায়বা চাংদোম্না অভিয়া থেংনা শাংথং-য়াংথংপা মতমদি জৈচেম থাবা টাইবং মপুগী থুদা থম্বাল নীলপদ্ম লৈকা মাপ্পবা, গাড়ীনা খেক্ক খেক্ক মী পুথক্না লম্বিদা চেনবদি টাইবং মপু পাখংবা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী মরক্তা চৎনা চৎনা গোপী অমগা শ্যাম অমগা অগোই রাস শাম্নবগুম ভোই। মাংলবা নিম্বাল্লবা টাইবং কোইরেন লাইগী থবাক্তা ঙমখৈ নাইনা নাইনা লৈবগুম তোম্নি; মতম অসিদা মুমিদাং মাইদা, কম্নি কম্নিগুম্না মতমদদি মুমিৎ-থা অনিমক তয়ং তয়ং থেংকপা উহুনা পাখংবা লৈম্নাগী কুনাৈর শাবনি থম্নবা ঙমদে।

কম্নিগুবা মকমদনা মাউবী ১মুং দোলু মা পাম্বীশিংনা চৌংথাইদা ওংবদি ম্না মচু মায়বা কৌপালনা লৌবুক লমথাংদা শাংথ-লেৎথবা কুম্নগুম উম্নি,—অঙকপা দৃশ্যনি। মুপা থুচোক

থুচোক লাইজ চাইথবা, চিকপক চিকপক লৈবা লোকী ঈশিং টবী (waterfalls) কয়াদা পস্থংশংবু (লম্বি চেৎপশিংবু) লাইজ ঈথোলাংবা কোকহন্ন; অচুম্বা চিক্লবা ঈশিং-টাবী মনাক চীংলৈনাগী মখোম নিংথিবীনা করিগুম্বদা লাইজ ঈরোকপা লৈরম্বদি উমং লাইরৈগী মখিং-কাংবগুম থম্মবা ওয়দে, অতকপা দুগদনি। ঝর্ণা যোরমদাইদা নিংথেম্বী বাংনা কাওবদা লৈচীন অচৌবনা কিগে কোবগুম থুংনিবম, মপান নাইদানা পাক্লবা প্রশান্ত মহাসাগরনি থক্লি, মরক্তে হামদুম মাবনা চীংদোম্না লৈচীন-থক লীথৎপাদি শোংথেং কোম্লবা স্লাহংগী লপোল থুংরেৎমক্লা অসুপ্প নিংই। ভরৎলোং অসি ভারত বর্ষগী পঞ্জাবকুম্না লৈবাতাক্, ঈরং, থাই, মকু তুরেল মংচানা থাম্মদুম মণিপুরগী পঞ্জব (ঈথায় মংবা) লৈবা লমদমগুম থক্লি। কে দিনা অহল অমগা লোয়ননা লম্বাংতো লম্বি তুংইন্নবা কাচাড় চৎলমখি। অহল্লুনা বারী লীখি,—হিন্দুগী পুরাণদা সপ্তর্ষি লৈদ', চীনাগী বারীদম্ব মুনি তরেৎ লৈবা, খ্রষ্টানগী বাইবলদম্ব জোন (Jhone) নচিংবা শিবা নাইদবা সোজা (মুনি) তরেৎ লৈবগুম, মৈতৈগী লাইরিকতম্ব লোরেম্বম খোংনাং থাবানাচিংবা শিনিংলপা শিনা হিংনিংলপা হিংবা ওমা কুরু তরেৎ লৈরম্বগী বারী তৌরমই। কনাগুম্বানদি খোংনাং—থাবসি জম্বুবানগী শাওবনি, অহো-অরাং সুমং লাম্নুনা দ্বারকাগী কৃষ্ণনা স্যমন্তক মণি থিব. মকমসিদা লাকখি। শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মা জাম্ববতীম্ব মৈতৈ চনুনি নিংলৈ; জাম্ববতীবু অচুনা দুর্গা পাদোহইবীগী অবতারনি হায়নখি

পাখংবা ধর্ম্মবু মপুংফানা য়োকখৎলিবা পাখংবা উপাধি কংবা মিংথৌ মঙাংগী মপুংদা নিংথেম পাখংবানা লাইস্না পায়রুনা লৈত্রবাকী নিংথৌ ওইখি। পাখংবা নিংথোল কংব নিংথৌশিংগী মপুংদা সিন্ পাখংবা কৌবা অমা য়াওখি। সিন্ পাখংবাগী মা হাকচা, কুকি-খাম্বৌমচিংবা মণিপুরদা খুন্দাখি হায়রুনা সিংহর সো-না ইবা লাইরিক্তা উরি। অদুগা নিংথেম পাখংবানি কনাগুম্বনা চিবেংকী পাখির মালভূমিদা লৈরিকৌবা লমদা লৈরবা মীনি মহাক্না ওকথলেলোমদা লক্লগা ওকথলগী মৈরাংদা মতম খর লৈরম্মী মখংদা তরেৎ খুনগী মন তা লেবা মৈরাং চৌংদা থুংখি। নিংথেম পাখংবানিদু মীনা করমন পাখংবামকনি হায়রে; মহক্না মাইবা খুন ১মুং তরেৎখুনদা লৈরম্ব লোইশিংবু তাম্মোক্তুনা নিংথৌ ওইখি, অদুগা ভোংকাং পোকইরেভোমগী মচম ইবেম্মা লাইশ্রংবু মাহাকী মহারাণী ওইহনখি। ঐ-ঐভে মাইবানা অম্বম্ব হায়রি,— পাখংবানা অহিং অহিং লাইশ্রং খংদি লাইস্না পইরে, সুংখিল সুংখিল লাইথুরেম্বী পায়রুনা কম্মাংলৈদা কম্মপা লৈপাক রায়েন ভোই। থংযোই-য়াংযোইদদি লাইথুরেম্বীদি জ্ঞান দেবীনি ট ইবংগী মরম খবৌ লাইরৈমানি, অদুগা লাইস্নাদ লৈম্মা (প্রকৃতি) মহৌশা লাইরৈম্মানি অম্বম্বা মপুং হন্জিমা হায়রি।

অহলদুগী মনিং শ্রীমাতোম্বা কৌই। য়াম্বুং য়াতোম্বনা মানা খর ভারকপা য়ারাজু লখী চৎপগী রাকা কোক্লবা শীতোম্বিদা লৌরি। মথোয়মিনা লাকপাসি মখক্ত হায়প্রিবা অহোয়াং সুরুং লাম্বুদা তম্পাক টানিংচিৎ তৌরক্লে, মতম অদু মীয়াম্বগী থোংকোলা

ঙপী খরদি তৌরিবাক্তু মেংবু মেংনিংঙৈ হায়মগা মরুমদা হল্লকপদা মমতোংদা এমং তোংদি থবিগা থোংনদি। ইমা ইবেমশিংগী মচা ঙম্মী শাউহু অমগা মমতোংদনা তোংদিগী লোয়নমা মকমতুদা থৌদি; তোংদি ঙক্লো। মনৈ দেমনদ', ঐশিবু শিরবামু অতাংসি কয়বা মেংনে.—ঐনা কৈগা মাইবে'ক্কবিনৈঙা নাহাক্না অতাংসি পুরগা মম্মাদা চিং ঙি।

মমতোংদগী মথুক্তা লৈচৈ তুংগে ম কাংজৈ অমতা থাওরমই, মতাক্তা মাকু পাংয়রগা মাদা ইল্লকপা থৌবোং মচা অমা কৈজোম মথক নিংগ্রী ওইনা শেৎচিল্লগা খোঙচাংজৈ শামবগুম্ কৈনী মনাক নক্তা চৎশিল্লকলে। মীম মমা লাউনরকখি,—হায়। কদাইদগী অমাদরনো, কৈ অদুবু কাংক্রুগ ওইববোক নিংঙা? মমতোংদাদো থু ইনা ঙাংবাদো মাচুংদিংদ। লৈচৈগী মনীংদা নৈপাক তৌকপা নৈপাক অমংবতু মথুক্তা মান্নগা লৈচৈ পাময়তন কৈতুগী মনাক মৌরম দাইদা কাংজৈ মরূ অতুনা নৈপাক্তা তুপ তুপ কৎখি। কৈনা ঙুংঙুং ঙংলগা মমতোংদা তমতুনা কৌঃ হায়তুনা চোংলকখি, মতম অতুদা নাকোমনমা নৈখেক্লগা তোংদিনা চেংশিনখিতুনা পিক্লবা অতাংদু লাকনা পুরগা মমাগী মতমাক্ত থমখি; মেংলমা মীম মমা 'জয় জয়' লাউনখি।

অসোমদা মমতোংদনা কৈ অতুমা চোংলকপদা কাংজৈ মরূতনা হুৎ নৈখোক্লগা মথকাইদা ঙপ লাউনা কয়া কৎখি,—কৈ অতু অমুক চোংখেকেখি, মমতোংদনা থাংগী কদম তৌতুনা লৈচৈগী কাংজৈমা কৈগা লাদা পারি; কৈতুনা চোংশিল্লকপা খুদিংগী মমায়দা,

মখুত্তা, মখোঙদা শেং-শেং কৃরকখি, অঙকপা লানকননি মীয়ামদি না তাংনবা শংনখিদে, খোরকাও নাথেননা হোয়খি। তোম্বিনা লাপতরা থাঙশাং অমা পায়রগা লানথাংগদবগী মতৌগুম লেপান-স্নাতোম্বনা চংথোক্লবা ইঁজত তৌরকখি। অকোনবদা কৈকুগী লরাই-লেনহুদা কাংথৈ মরক্তুনা মথুং অনি থাক্লুনা স্নাতোম্বনা কয়া কৃখি ; কৈকু নৈপাক তুথরে। ডানজা চারে থন্থুনা স্নাতোম্বনা কৈগী মমিং অনি থুগাইরে। মকোকতু খোপ কায়বকাও পংফুদা কৃখি।

কৈ শিরে ; লেঙবা ঙমখিদ্রে। মতম অঙ্গদা হুম্নাংনা পূথচোৎ চোৎলবা স্নাতোম্বসু মকম অক্ষুদগী থয় চংথোক্লগা হিপথরে। মীয়াম্না মখোয় মখোয়না পূরকপা শেল, কি স্নাতোম্বদা থাখি, কিনা লেপ থৃমখি, শেলনা পূথচাই চাইখি। তোম্বিনা চঙশিল্লকপা মীয়ামদো থরদং থাপ্লা নৈখিনবা হূংশিং অশেংবা চঙহম্নবা লম্বি থজিকং থাদোকপিনবা মথুং লোয়রুনা মীয়ামদা হায়জখি। সন্ত ছুনী মরক্তগী কনাগুম্বা অমমা লাউরকখি,—খৈখেগী তাংবন-লোই ! জয় ওইরে খৈখৈ বীর ! য়োইমায়ায় ডাউত্তলবাদি উমং লক মিৎচিনা হাইকেৎ য়েংলম্লগা সনা মশোং থুপচিন্দুনা মযুরোন তোম্বা তোম্বীমু নারমগা, নোংচুপ মায়কৈদা তপা তপ্রা লেঙথরে।

---

নোং থুম্লম্মি। চৌকিদারদুনা চাক থোংদুনা পিরকনবা থৌরাংদা তৌখি। চৌকিদারশিংনা নপুক্তা থম্লকপে,— করম্ না থোৎ তৌবগে মসিদু ঐমা থোংবা চাক চাগেদ্রা হায়রি। অঙোকপনি! চাক লোইরগা মাহাক্না নুংশাইবংডু খিত্নবনি মাকী মবুক চুমহনবরা? মাখাক্তদু অমুক উবা ফংখ্রে! মা-উ মাখাক্কী শিংনা করিগুম্বদা কাছাড়গী ভুবন চীংদাগী লৈবগী মায়ী ত হৈ।

তোম্বিনা কাছাড়দা লৈবা মতম্শিংদা লৈরোং মাহুংসাকী ওয়া নিংথৌজম্গী মাইরোবগী উম্লখি। ওয়া নি থৌজাওগা তোম্বিগা নিংথিনা মক থমলৈ। ওয়া মা তোম্বি উবদা ভাবাকদুনা পাউ অমা হায়খি,— তেম্বি! করি তৌরম্লিবগে? নিংথৌজাও পাঙলনি মাহাক্না ভুবনগী চংলুশগী মায়ী লিখি। নিংথৌজাও নিংবানা হায়খি,— তোম্বি! ভুবন চীংদা লাম্বাইবানিং লৈরম্লগা থেংনদুনা মায়ী শায়রগে থম্লুনা চংলগা, মকি মবোন মংগলবা মূর্তি অমা থেংনখি. মূর্তিদুনা ব টংগাং ফাংনা ঐবু পুরগা লোক্নং অমদা পুখিনগা নুং লাই অকংব অশোক নগাম উতলগা থুদম অমা তৌদুনা মাকী মচু অমুক তৌলহনখি. অদুবু মাহু করি তৌরক্লিবগে থত্তদাত্তনা ঐ লাকখবনি। তোম্বিনা খুমখি,— ওয়া! মুসলমানদি মূর্তি থুগাইবা, মূর্তি লাংবা য়াদবা কাংবুনি, মুসলমানশিংনা অমকমদা মহাদেবগী নুং মূর্তি অমা লাখদুনা থম্মদু তাকপনি।

তোম্বিনা ওয়া নিংথৌজাওগা য়ারী শাম্রবা মতুং মুনিং থবা লৈরগা মাহাকদু মথন্তা মুনিদু উরক্রা যেংগে থরদুনা ভুবনচীং কায়কখি চীংগী চীংথাম্পদা ট হৈবং মীগী পাংবরা থোংনা লেংপদা

অচুম্ব 'কুম্ধখিদে থক থনলিগে। হংশানা মমিত্তা তুম্মন পাইরে, মরুভূমিদগী মায়া মমিচিক পা মায়ক্রে উপোঙদা তাইহাক পোংথা-পদবম্, উরুম লোহক্রে অচুমকপু লোংশো মচা অমা লৈবা উরপা চত্তুলুবদা পেরেৎনা পেৎ পেৎ থোঙ্গমময়ই ; ওস্তোকপনি ! মনাক হেক থোঁবদা লোংশোংঙদগী কই-জাও অমা ফুম লাউগ মাক্খি। তোম্বিনা থুনা হস্তোক্লক্লে,— খল্লকই পাবুংনা হায়রি,— লাইরেন উররপা কথাপদা ঈশিং লুপ্লপা মাতোন থেন্দুনা থুনা হেক্টে কউ, লাইচুবা হৌমদে. কই উরপা মিৎ চায়হুনা কমথো লেঙলাকয়, মানা মীঙ্গু উয়ুং মথোক ওইরবোই থমা চৎখিগনি, শামু লমথা উররপা নকি-মরোন থর হস্তোক্লপা চেক্লু, মানঃ কিশিংগ নৈমিহৈঙদা মথক্লাই হিংনব পাদৈ থিবা য়াবনি।

তোম্বিদো থর হস্তোক্লপা তুম্মিন্না কমথখি। তাইহাক কক্লপা কমচিৎ চত্তুনা কই নৈত্রা য়েংবদা কই উথিদে। মহাক্না অচুমগী অমুক চৎথেলকপদা কালিমাইগী মুর্ত্তি অমা মাগী মথাংদা লোমহৌ লোমহৌ তৌনা চৎপগুম উথি। তোম্বিনা মথন্তনা লাউথি,— ইমা! নৈমারোল শিদবী! মচানু কৌশিমবিগে লেংলক্লা! তোম্বিদো মকথ অচুদা জান মাঙ্হনা চুথখি। ওস্তোকপনি। মমিৎ পাংলকপদা স্বর্গদমী মন্দাকিনীনা চেকপগুম চৌংগী লাইক লিক্লাই পুরপা সুমিৎকৌ মসক মাপ্মি কম্না'বু কিবুল অহাবী শমবা ঐথক কয়া পুহনা অথাম্নদা চেঙ্গরকপা লাইক ঊজখি ; মমঙগুম থোকখি, তোম্বিনা লাইক ঈচেন নাইবী লোপ্ অচুদা লাক্লপা লাইজাহু মকোক শজিঙং হাপচখি, থুক্লোক থম্না মনি

থকতুনা ক্ষে-ত্রানা সু শা মরক্ত যে বিন্দা যোগী অমনা নুংপাকথক্ত লেপ্লগা কি-মচেৎ অমনা ঈশিংদা লুপ্লগা ঈরুরি। দেবীগী মূর্ত্তি উাথিবাগুম উরিবাচুম্ন বাখম উত্র। হায়দুনা মথিৎ উাশিল্লগা তাইহাক অমুক য়েংথি মুপ্লিদো। অচম্বক ঈরুরিবৈদা বা হংবা পুখবা মাদবশিন', তো হৃনা লোকো ঈ শংন' ঈকবা লোইরগা থুরমগে মন্দুন বাংনা নৈবা নুঙাও অমগী মকমদা মকোক্তু তাহুনা নৈবাদগী লাইতা ঈরিক ওল্লিকেন চেনবা অঙৌথ মালংবনা হবদা তোথিদো তুমথোকক্লে। তাইহাক তুমন্নরগা মুপ্লিদো চৎপ্রগা করিনো হায়রনা চেপথক্তুন য়েং-ন্নুবদা কামগুম ঈরুজরি, অচুম্ব অচকপনি কমানা থথিরবনো থক্তক্রে হিয়াংথাং লাইবৈরমাগী মন্দির মনাকতা লাইনিংবা যোগী অমগী ১৯'কা কাক থোংত্রিবৈদা নৈশাবো মচা অমনা মজোম থথিরবগুম মজোম অনৌব থম মাগী নাক্ত থথিবায় তোথিনা ভগবান লোংপোক নিংথো পাথংবদ' মজোমদ্রু কৎলগা থকচিনথি, অমুকত্ন তুমথখি।

তোথিনা হন্নকমুক লিৎকপ থোক্লকপদদি যোগীচু ঈরুবা লোইরক্তুনা চৎকদবগী থোরাংলকলে, মানা যোগীগী মনাক্তা চৎলগা শাক্রাং শানা থুমলগা থোজানবিউ মুনি, ভগবান শ্রীশঙ্করগী দর্শন কংজগে হায়জথি। যোগীচুনা বা—ইক্তাং তাংদানা থুদম তৌহুনা মতুং ইন্নবা তাকপিথি। তোথিনা মতুং ইনথি, অচকপদি কই অনি থোক্লকপা তরাং তরাং তংতুনা তোথিদ লথি থৎথি। তোথিনা লাউথি,— 'বাবা! বাবা!' বাবাজীনা চুইদুনা চুই থাথক্তম রাপি তাংদানা পুদোবীনা হাইবদা কই অনিচুনা তোথিদ

সংজ্ঞিক য়েংলগা ন য়্মক চোংশিনখি। ভোম্বিন' কপখি,—প্রভু শঙ্কর! খোঙ্গীহুনা ভোম্বিবু শা'ম অক্তুনা পুরক্লগা চৎখি-নব খুদম অমা তৌখি। তে মিলন্ত চংলো চায়রমাগ্রে থলক্তুনা খরদং চৎলগা মচুং কম্না যে'খিবদ খোঙ্গীম্ন নৈরমজ্রে, মকাক্তি চাউরবা স্তক্লং অমগী কম্বুংদগী থোকললকপঙ্কগ স্তক্লংদী মপালদা লেপ্তুন' নৈয়ম থে'নখি,—মথস্তনা মথক্তদা হংখি,—খোঙ্গীদো কনানো?

—— —— ——

## মৈতৈ চনু

ভোম্ব লাইরবা ছ'ত্রনি। প'ন্নৈ মথক কয়া থিরগা নৈ তশ্নবা লাক্লখি। ক'ছ'ড় থাবোক্নুমা কাশীদা চৎলগা সাংস্কৃত লাইরিক তম্বা চৎলমই। মকম অক্তুদা রাজপুত নিংথৌমচা অমনা লিংখৎপা মঠ অমদা চাক চার' মাম্মা চাতনা লাইরিক তম্লি। খোংমদি মৈতৈ মচ থরনা মামা চারা অমতং চাবা কংজরিবা মঠ অক্তুদগী ম.থংম্নম খোংমতাইদমক চাক চারা অমতং চানবা হায়খি। ভো'ম্বিনা মঠাধিকা'রীগী য়াম্না হ য়জক্তুনা চ'রা অমা পীজরে। মখোয়না ভলশিংক্ত থর চ'রগা হাউতে হায়রক্তুনা ভল-শিংদো লেপায়রক্তুনা ল খোকপনাচিংবা অমদি হম্তোকপনাচিংবা চাওশিন্নবগী মতৌ উৎখি। মতুংদদি মঠাধিকারীনা মাক্ত উক্তুনা ভো'ম্বিনা নিন্ডগী চার অমতং চ'বা কংজবাক্তু কহখি। ভোম্বনি

উপায় লৈত্রবগা নবদ্বীপতা নবন্যায় শাস্ত্র তময়না লাকখি ; অস্তোক-পনি ! চাক চারা অনি অহুম চাব কংদবদগী ধর্ম্মশালা অমদা লৈজুনা হিপ্তুমা র না থাজলমই । মোংমদি অয়ুক অঙনবদা বসন্ত মকননি, কোকিলনা খোংলিবস্ত মদা ওইরে অঙ্গবু চক লাম্নবা তে খিনী মনাকোংদা কোকিল মখালগী শী জংনা কুনওম সুংতাই-খিদে মানা চংবখ —কোকিল মখোংঙ্গ নুংশি হাম্নবাগ অসিরা

অয়ুক য়েন্না অহংনবনি মতমদুদা সোল্লগা খোঙেন অমনা মপানদগী ক য়খি,—মণিপুরী বাবা ! নহাক চরং কেন্নে তাবদা ঐনা নিরুব চেঙ থবগা আন্নুগা পুরকনি,—সেঃ, সেঃ লৌশিল্লো মোখিনা য়েংথাকখিবদা মুপীদো সানি লেপাইব লেৎপী মীয়াই ওইরা তৌরা চাকনিবীনি । নুংশিজনা চেঙগা আন্নুগা থখিরম্নগা চংশু তোখিনা লৌপৎপা ওমদুনা ষণশানা খোরকপা চেঙচ উবগা মশিংগী পি শিন্ধখি, সোমবনা লৌপংপা ওমবত্রবা তোখিদো চেঙ উবদা হৌপৎলগা,—ইযা ! ইগা ! কৌখি, অঙ্গবু হন্নুবীগ খিবা কংখিদে । কি লেপায়বা মচেঙ্গা চেঙগা আন্নুগা হায়াই থম্নগা য়াওরমই, যাগু অরুব পোম্নগা হুখিৎ নিনি হুংনি চায়রমই । নিনি কবনি লৈরগা নবদ্বীপ্তা লৈবা লৈতৈ লৈঘোইবা অমমা যাগী মমঙদা তোখিদো চংবা কেল্লুনা লৈরে হায়রূনা ৺গোপালদেবনা তাকলমই হংরুনা তোখিবু নিরকখি সুখিৎ অঙ্গদগী প্রভুগী প্রস দ-ওগী থম থম চাবা কখি হিন্দুস্থানী সন্ন্যাস অমগী মতেংনা মতম থম শাইবিক তম্নগা ব্যাকরণদা উপাধি কংলগা নো মদি মণিপুর চৎরব কলিসতা কাওবা তোখিদো লাক্লমই ।

